বাম্বন্ধারা :— মুপা নহাক ঙাওরম্বা, নচাদি নঙনা হাত্তোকপ্রে ঙাঙলিবহ্নু করিনো ? শীংজনব মুপ অহুদা হায়খিবহ্নু কাওরবরা ? থাঙ তেন য়োংশুক তেনশুক্কী মতম লোইপ্রে নিউক্লিয়ার এজ ওইরে, নোংমদি পৃথিবী অসে 'জ'গী মচু শঙহুনা কোঙ্গুং অচৌবা অমদা চেনথরগদবনি মহুগী মতুংদা অদোম্বা পাম্মিবদো ফংলগনি। ঐখোয়গী শক্তি লৈত্রে মতম থরদং ইচা-ইশুগ নোক্কা-খেনা পালহৌবনা অফবনি থঙবীয়ু।

ভীমসিং :— মতম অহুদা অহিং-মুংথিল তুমদ-হিপ্তুন মখোয়বু, পুমহুনা শিরগদব লায়ন কয়াদগী কনবীরক্লব', মুঙ ফুত্তুনা চারম্বদগী অহাওবা মখলগী এঙ্খাং-মথেন তাক-পীহনা মশা ফগংহল্লবা জ্ঞানগী লম্বী কয়া হাংদোক্নুনা লম্বেল অহুদা চংহল্লবা, অহুগ কাওথোক্নুনা মপা ঐবু ঙক ককনি হায়না তাম্নখিবা মচান, মপাবু মমাবু, শা-ঙাঙম হাংলবা, থঙউ ঐগী হকচাংগী মিহুন কয়াগী শিংলিদি মখোয়না ককপ হৌখ্রবনি, ঐন লানবনি পুম্নমক অসে ঐনা শোয়বনি বাম্বন্ধারা।

বাম্বন্ধারা :— কবিগী লাল্লুগদগে পুম্নমক অসি লোয়শিল্লগে হায়হুনা ওম্নকপা শক্লোননি।

ভীমসিং :— ঐগী আশা লোইরে, ইচাম্নুপ কয়াগা পুল্লগা মীওইবগী পুন্সিবু অচুম্বা লম্বেলদা চংহলগে—থৌরাংবনি, অহুবু নচাম্নুপ কয়াগী অঙকপা থৌওং ময়াম অসে উবদা ঐগী মিংলুদগী পি তারকম্ন য়াদরে বাম্বন্ধারা।

বাসুন্ধারা :— মুপা নহাক খওগরে অপুনবা হায়বছ মৃতম কয়াগী মমাওদগী মাওথ্রবনি। নওনা খুলাই অমত্তম য়াওদনা নতুং ইনবীনবা অমত্তম য়াওদনা করমা পাউনা ব্রজবাসী শাগদৌরিবনে ?

ভীমসিং :— নোংমৈ শীংজং পায়বা মালেম পৃথিবী থক্তা লৈরিবা জীব খুদিংমকপু মিংকপু উং ওইহনবা ভম্বা ঐনি হায়বম খওবা কৈ বাসুন্ধারা। জগংকী ফাওরবা মীওই কয়াছুগী লমজীং গুরু ওঝ অছুম ঐনি খওউ। ঐনা থম্মোয় শোক্না কল্পীবদি মচিন মনাও ময়াম অসিনা নোংমত্তংদি খুংশমছুনা মপা মপুগী খুভং থিরুসি হায়নখিদ্রব, লায়র অনং চাক-নিবা কয়াবু জীব অমত্তদা তোডানহনবা, মথোয়গী মিংতগী নিংডমদবা তারকপা পি অছু উরগা থম্মোয় শোক্ন থাডবা ডমদ্রবনিনে বাসুন্ধার ; মুংশিবা প্রেম অমত্তং উংলম্নগে হায়ছুনা ইচা মুপা থরতং পামজরুবা অছুম য়েংউ ইচ মুপা অহলনা ঐগী কোক কক্কুনা পুরিবসি য়েংউ, য়েংউনে বাসুন্ধারা।

বাসুন্ধারা : ঐ ভাব তাদরে মচাগী ডক করুগা চেনখিবছ নহাক নত্রা মানি নওন ইচাগী নডক করুগা ওম-তৈননা ডাংলিবা করিগীনো ?

ভীমসিং :— ঐবু ইচাগী ডক ককই হায়বা ? নত্তে নওন হায়রিবছ ওম্মরে, মপানা মচাবু হাংখিবা ওইরমগনি।

বাসুন্ধারা :— মচা হাংখিবা মপাছু নওনি, হৌজিক মা ডাংলিবা চীনবান অছু কোক্কী শরুম্নি।

ভীমসিং :— পঙগ্রেদা বাসুন্ধারা, অচুমরুনি পাপ কয়ানা তাহুনা শারকপা খুপীদা মপোক্লি হায়রিবা। নঙমু নোংমা শোয়দনা উরগনি নঙগী নকোক মতু লৈমায়দ কেনব মতম অহুদা নঙনা থম্মোয় শোক্ল কৌরকনি ঐবু ৱা ভাংলকনি মকোক য়াওদ্রবী বাসুন্ধারন।

বাসুন্ধারা :— নঙম ভাংবসি তায়গ ঐদি হের হেল্লা নোক্লিংই। ঐবু ওক কক্কদৌরিবা মীশক্তে কনানে মতুবু কল্লা হেক্ত হায়রিবনো ?

ভীমসিং :— নচামক্লা নঙক কল্লগনি হায়ন কয়ারক হল্লা হ য়খ্রবনি বাসুন্ধারা।

বাসুন্ধারা :— ওইথেক্তবা মানি ভাংবীরিবক, নচাশিংদা তম্বীহুনা হাংহলগে হায়রবদি থঙদ্রে, ঐনা পোকপা ইচানবু ঐগী ওক ককপা হৌনব্রা ?

ভীমসিং :— চাওথোকপ ভাংজরেদা বাসুন্ধারা ?

বাসুন্ধারা : চাওথোকপ নত্তে ঐনা হায়জরিবসিনি, ঐনা পোকপা ইচা অমত্তন ঐনা ভাংবদ ইহি কারন চল্লবা, চংহল-লিংবা লম্বীদগী অমত্তং ওন্নবা চংখ্রবা মথোয়না হাংদ্রিদেদা নমাংমক্তদা ঐ ইশানা ইঙক ককুন পীজগে।

ভীমসিং :— [ কপ্পা নোকই ] নঙদি য়াম্না মুংডাইবা মঙ মঙহুনা ইংনা পাক্লিদা বাসুন্ধারা, ওইজো ওইজো নঙনা লিংবদো থুংজো।

বাসুন্ধারা :— ঐগী ইচাদি পৃথিবী পুম্বী ইকাই থুম্নকম ওইব', মমা ঐগীদমক্তা শনরিক পরেং কংপা ডম্বা শামু লিশিং তরাগী পাঙ্গল কনবা ইচানি খঙউ।

ভীমসিং :— ও ··· ··· বাসুন্ধারা, য়াংই চাউইদা নঙগী য়াথল দলানসে। নকোক য়াওত্রবা নশাদে দলান্দগী ওস্থদনবা কন্না ডাক শেল্লুকো ইবেম্মা।

বাসুন্ধারা :— হিংচাবা নঙনা অতুম্না ডাংলিবা কম্নিগীনো? হৌজিকমক ঐবু হাংলু নচা হাংপদা পেন্দ্রতুনা ঐবুম্ন হাংকে থোরাংলিবা, ঐবু হাংলু, ঐবু হা লু। [ কন্না কন্না লাওই ] ১ম মুংলি।

---

## বাসুন্ধারা

### অনিশুবা অঙ্ক

মঁচঙ :— ভৈগ্যাসিং, বিভিষণ ভদ্রষেন শীংজনবা নুপা।

[ তুমিং অচু বিভিষনগী শেনবুল ফংবা মুমিং ওইরহুনা নুপা ৩০ গী শেম্বা তিনপত্তি শান্নরি. বিভিষন তিনপত্তি খেলাদা নতুনা অতৈ মথলগী জুগারদা হৈথোক শিংথোংব খিলাড়ী অমনি। ভদ্রষেন মনাক্ত য়ু লিক্লি অমা থমই, থাঙ্গতুনা থকই। ভৈগ্যাসিং মনাক্তা থাঙপাক অরংব অমা থমই, মকোই ময়াং পীক থল্লি চান্নবা

ভীমসিংহনক মাংগি : বিভিষন মশ নাক্লি নেত অমগী কিজেং শেংলি জুগার অহ্ন বিভিষনা মায় পাকে। শেয়দন লৈবাক্কী অঙম অথৌ ওইখিনি হায়না মখোয় হরাওদুনা চোংলি। খঙহৌদনা এখোল অমা তারকই শীং য়ানবনি হায়না মখোয় অহুম্মক থাজনবনী ]

ভৈগ্যসিং :— ডাইথো, শীংজনবা সুপা অদু লাক্লে

বিভিষণ :— তাচৌ ঐ য়াওরিঙৈদা মহাক মীপুন থোকহনবীয়ু।

ভদ্রসেন :— তাচৌ ঙসিদি মী হা কনুসে, তায়াইমগী ভোট মশীং হুম্বহনবা য়াদে !

ভৈগ্যসিং :— নখোয় অনিন য়াত্রবদি হাংলোই, অদুবু হেনবা থরদ তেবা তাই।

পোক্লা ডেরবা, মীয়াম চল্লবা ভীমসিংহগ মাকী শাথিবা সুপা অদু হাপ্লগা মফমদুদা শীং চনবা লাকই।

সুপা :— ( চঙলকই ) এঃ ভীমসিং নত্রা ? নঙদি হৌজিক ফাওবা ঐনা উথিবা শককমদো কায়-ত্রিনা।

ভৈগ্যসিং :— কনানো ? ঐবু হেক উবগা খুরুমত্রিব করিগীনো, নঙক কেনবা তাবেদো। পৈশা হাপ্লা পুথোরকউ শিত্রি-ডৈদা।

সুপা :— নঙবু লৈবাক্কী সেবা, জীবগী সেবা তৌগনি হায়খিবদাইনে ভীমসিংহ।

ভৈগ্যসিং :— মতাং হেবা সুপা অসে লোইথোকপা তারে।

[ চোংশিন্দুনা সুপাগী মশম পায়রগা থাড থাঙংলি
মচিন মনাও ঙনিনা থাই ]

অন্দ্র বিভিষণ :— তাচে অমুক্তা ভাইবিখে।।

ভৈগ্যাসিং :— হাংলরোই, শেংনা তাকউ ভীমসিং কদাইদা লৈ।

সুপা :— হাংলরোইদ্রা ? [ কয়া লাওই ] হাংলরোইদ্রাও ?

[ চোংশিন্দুনা ভেগ্যাশিংগী মশম পায়রগা থাড থাঙংলি, ভৈগ্যাশিংনা মমিং লোংথনা য়েংই সুপাগী মথং কারগা মখাংদা কোয়গা লৈমায়দা থাদে তপা কময়লি সুপাগী থাড মুল্লি ]

ভৈগ্যাসিং :— নঙস নবিংজেলদি পাল্লিদনা অহল, থাড য়াওদনা অমুক্তগা হয়া য়েংনখিসি হায়ত্র ?

সুপা :— [ ঙমোই থনবা ] য়েংনরো, কুটানি তোরকনু।

ভৈগ্যাসিং :— শেংনা হায়নু ভীমসিং কদাইদা লৈ ?

সুপা :— খুড়া চানবীহুনা ভীমসিংহগী লৈকম থরা তাকপীয়ু, হায়য়ু, অদু হায়দ্রিবমখৈ ঐ তাকপা ঙমোই।

ভৈগ্যাসিং :— [ থল তোরগ, য়াররোই খঙহুনা ] খুড়া চানবীহুনা ভীমসিংহগী লৈকম তাকপীয়ু ?

সুপ :— য়েস, ... ... তাকপীগে. ঐনা ভীমসিংহবু উথিবসি মফম অসিমক্তদনি, অদুগা নঙবুনা ভীমসিংহনি হায়না খল্লিবনি।

ভৈগ্যাসিং : ঐহাক ভীমসিং নত্তে, ঐখোয় অহুম মফম অসিদা হৌজিক খুংলব্রিবনি।

সুপা :— ভীমসিংহগা নঙগদি করি থোক্লে, নঙনা লাংতক্লনন হংলিবদো করিগীনো ?

ভৈগ্যাসিং : — ঐহাক ভীমসিংহগী মচা সুপা অহন্নি, অনি অসিনা ইনাও য়াইমা, ইনাও ভোম্বনি।

সুপা :— ইপা ইপুনা হায়নবস্থ চুমইদনা।

ভৈগ্যাসিং :— করি হায়নরিবা ?

সুপা :— কৈনা কৈ পোকই, হিংচাবনা হিংচাবা পোকই, ঐখোয় বাজীনা ঐবু পোকই নঙবুনা ভীমসিংহনা পোকই হায়।

ভৈগ্যাসিং :— ভীমসিংহ হায়বা সুপাস্থ করম্ব শাগৈগী করম্বা জাংনো ?

সুপা :— পোংলাকপা শাগৈগী শওম্গী জাংনি নঙম্ম মীগী মপোং মুনবা, মীহাৎপা ঙম্বা সুপা অমনি নত্রা ?

ভৈগ্যাসিং :— অহল নও ৰা অচুম্বা ঙাংইনা।

সুপা :— দং-দং লাওন পানব্র ? নপাস্থম্ম মীহাৎপনি, মনা হেক পোকপা মচাগুপ অহুবু মঙক কক্লনা হাৎখিবনি, নথোয়দি কমদৌনা হিংহৌরিবা ?

ভৈগ্যাসিং :— অহল মহুবু ওইথোকপা য়াবা বায়নে ?

সুপা :— ওইথোকপ ওইথোক্লবা নম হবেম্মাস্থনা অঙাং অশিবদো ঈশিংদ থাদবা পুরকপদা থেংনবনি।

সুপা :— ঐদি শীংজনবনি তাজা চাস্থনা থেংনক্লবনি।

ভৈগ্যাসিং :— অঙাং অস্থ হাৎপগী মরমদি হংহৌরা ?

মুপ :– নমা চবেম্মচ্ রা হংব খুমখিদে, অভাং অদুদা হংগদবগ্ন মকোক য়াওরক্তে, নডগ রারী শান্নবা তোক্লসি উকিল বাবু। নেতা বিভিষণ নগুদি মকম অসিদ কৈদৌরম্লিবা ?

বিভিষণ : – ঐগী ইয়'স্থ অমদি ইনাও ভদ্রসেন উনবা লাকপনি অহল ·

মুপ :— অস্থুক থাপ্ন চাংস্থং অসিদা নখোডনা লাক্লিববু সরকারগী কচ্চরি থেররিত্র ?

বিভিষণ :— অহল অস্ম্ন লৈরম্মী হায়তুনা রারী শাদোকপী-গণ্ণকো ?

মুপা :— হুরালবদি শেংলেদনা ?

বিভিষণ : – [ লুপা মপুন অমা লংশিল্লি ] মহ্ পায়শিনবীয়ু।

মুপা :— [ লাক্কুনা হুন্দোকই ] ইডক অসে কল্লগা, কেল্লকপা ইকোক, অদুদ লুপা মপুন অসে লৌগত্রা লৌরোইত্রা হংউ। হিংস ··· ··· হিংসা গঙ্গাজলদগী হেন্না লুনা নডনা মীগী শিংলিদা চেল্পরিবসে ডকখ্রেদা।

ভৈগ্যসিং :— মুপা অসে মরো য়ান্না চাওগদৌরি, পৈশা অসি লৌ, ভীমসিংহগী লৈফম তাকউ, নত্রবদি নথরাট লৌবা তারে।

মুপা :— নডনা ডাংবা রাডাংগা নপানা ডাংখিবগা অস্থুক থেন্নরিবা করিগীনো ?

ভৈগ্যসিং :— ইপানা করি হান্নমরিবা ?

লুপা :— ভীমসিংহগী মমিং হেক পনবদা শয়তালশিংগী ঃখুত্তী নাম্বোকচনি। নখোয়ন ভৌরিবসিগদি ওম্বোক্লা তৈনরে : ঐদি শীংজনবনি শুরগ চাজবনি ঐবু হাৎলগা নখোয়দা কাগ্নগদবসি করিনো ?

ভৈগ্যাসিং :— ইপানা হায়রম্বদো চুমদে হায়গেরাও ?

লুপা :— করম্না চুমগনি ?

ভৈগ্যাসিং :— ঐখোয় থেংনবদগী নওগী লায়রবা কোকচগদৌরে লুপা মপুন অসে পায়শিল্লো ।

লুপা :— পায়রোই, ঃপাদি অতুম্ন এডোন্দা .পশ লো হায়-থিদে। মাদি মাওঙবগী লাংবকীদমক্ত ঢাবনা পোথাফম থওখিদবা মীওইনি, মীওইব সমাজগী য়ুমফম মচেৎ মচেৎ তারকপ, পুক্তিগী ঃক্ত ফুত্তোক্তুন চায়থায়রকপ উবদা গন্তি লৈত্রব দশ তাখিবা, স্তেবল ওঃদ্রবা মীওইবগী নিতি নিয়ম, অকন অথোগী কিরবা ওর্দরগী মথাদা হিংবা তারকপদা মহাম চম্নব জীবশিংগীদ ক কয়াদ বাজখিব, অত্তুগা নখোয়দি কদায় ... .. শুংনাংব, চিংনবা য়াওত্রবা নখোয়দি কদাই, মীহ ঃপ হুরানবা ভ ক্ত , লৌবা ভম্লোই নখোয়গী লুপ মপুন অসে, পামদে ঐ পামজদে ।

ভৈগ্যাদি :— পামদবগী মরমদো শেংনা হায়যু নত্রবদি চংপা য়ারোই মফম অসিদগী ।

লুপা :— ভরাং বিভিষম্না য়ুম্ফম অমা যাত্র হুলহোই, লম, য়ুম্ফম অত্তু মথোঙ তেক্লবা চাউবা হন্নবত্তুগী অশেংবা জগহনি। [ লোয়কাব্রিভৈদা ]

বিভিষণ :— অহল মতু ওইথোক্কবনি, ভশেংনক্ক কর্ণশিংগী লম্মনি।

থুপা :— অহৃ অদ, অমত্ত পডদে, থোডতেকপদগী "ঔ" চুম্না ঐ পাম্মদে।

ভৈগ্যাসিং :— [ থাড উত্তুনা ] লোগত্রা লৌরোইত্রা ?

থুপা :— থুপা নপুন অসি লৌরগা ঐবু করি তৌ হায়গদৌরিবনো ?

ভৈগ্যাসিং :— ভীমসিং হায়বা থুপাহৃগা, বাহ্মন্ডারা হায়বী মুপীহৃগা থিহুনা পীয়ু নডগী থুংজাংতবা মী লরবমু ঐডোন্দা তাকউ হাংতোকপীগে।

থুপা :— মরম চাবা চাদবা শিত্রবম্ম হাংপা হেক্তা ভম্রা ?

ভৈগ্যাসিং :— হাংপগী মরমদা ইমা ইপা, অহল অডাং থায়দে থেংন-থংনবদে হাংলি। হায়দি থু অসে থর পংতক তৌরগ, হৌজিক্কি থুংলোইরে। নডগী ওসি শিরমগদবা শমনাদ লিংপাবি ভীমসিংহগী ফিং পন্নকপদগী নথবাই হিংগদৌরিবনি।

থুপ :— নথোয়না শেল মুন্দুনা মী হাত্তুনা, তৌদবা য়াদবা অমা ওইনা তৌরিবসিদি করিনো ?

ভৈগ্যাসিং :— তাইব পান অসে হাপু য়াম্না চেন্দুনা তিন্নাইথোম্বী চুরে, মথক মথ ওম্মোরগা থুংশা ফোদোক্কে তৌবনি।

থুপা : - মা-বা লৈশেম্ব ইবুংডো, নথোয় অহুমতনদি ভমগত্রা ?

ভত্রবেণ :— করিগী ডম্মোগ [ হৃদাক ডাওই ] ঐথোয় অহুম্না লম অসিগী দাফাদারনি। পৃথিবী অসিগী শরুক অহুম থোকপগী

অনিদি ঐখোয়গা পুন্না থবক তৌমীন্নরিবনি হিদাক অসি অমুক্তা লৌবীয়ু র ডাংনব মুংডাইনব [ হিদাক হৈরগ পী ]

মুপা :— [ য়াম্মা কিরকপা ] হু-ককাদি হাপতেকে: ইবুংঙো লৈশেম্বগী শেম্বর।

ভদ্রষেণ :— শেনয়াম পায়বা মুপা থেংনববদি তৌজৈ খুরাইদি হাপ্তবা অশেংবনি ।

মুপা :— [ য়াম্না তম্না ] থকপা ভারেদনা শিরোই হায়রবনিনা অত্থগা য়ু অসে থকপা হেক লোইবগা ঐ য়ুমদা হনথিবা য়ারগনিকো ?

ভদ্রষেণ :— ঐখোয়গী শাগদা ওম্মোক্লবা অহন্না কদোমদা অমুক শেরাম্নবা হৌরক্লিবনে ?

মুপা :— ইবুংঙো. শিবা শাগৈদা ওনবা ডম্মোই।

ভদ্রষেণ : – হে সোরোখাইবম মচা চংপ য়ারোই, ভীমসিং পীরমদ্রিরথৈ.

মুপা : – ভীমসিংহবু অস্নক থুনা পাম্লিবসি করিগীনে ?

ভৈগ্যাসিং :— ঐখোয়না জ্ঞান হেক তারকপদগী ডসি ফাওবদা করম্ম হিংলকপগে হায়বতু অহল অমুক্ত থল্লু। ঐথোয় অহুন হৌজিক ফাওদা ইনা ইপ মশক থঙড্রিবনি।

মুপ :— হেক পোকলকপদগী ডসি ফাওবসিদা শীং চন্দুন ঐম্ম হিংলক্লি চহি ৫৫ শুরে নথে য় অমুক্তা থল্লু ঐনা ইম ইপা হাংকে হায়দ্রিবসি করিগীনে ?

ভৈগ্যাসিং :— ঈনাও অনিমক শেংনা হায়রু ঈমাগা ঈপাগা হাৎকত্রা হাংলোইদ্রা ?

বি ভষণ ভদ্রষেণ : হাকনি, হাৎকনি,

ভৈগ্যাসিং :— কংদোইট অহল, মসি ঐথোয়গী ঈরাল্লা, ঈমা ঈপাগী মরাল্লা। নঙদি নথন্তা মঙাংরে নমা নপা মুংশিবা ঐথেয়না মেজেরিটি ওইরে শেয়দনা মথোয়বু হাৎপা তারে।

মুপা :— ভীমসিং নঙনা নেংম হায়থিবদি পৃথিবী অসি য়াওশংগী অাবের চাইবা খেলাগুম চায়থ য়রকপদা, চৌংজাওগী মুংহুমশিংনা নেকুনা খুবাক শুনশ মেয়েক শেংনা উরগনি হায়নদ চুমগদৌরমাল্লে।

[ ইহশি হায়ব হেক লোংবগা ভগ্যাশিংবা বিভিষণগন ভদ্রষেণনু চেংশিন্দুনা মখিৎ মমায় খঙদনা ফুরম্মী ]

মুপা :— [ ঈঙক ঙক্কা হায় কবিনে। কবিনো !

ভদ্রষেণ :— ঈমা, ঈম, ঐব কনবায়, চার কংলক্কবা মতম কুইবে পুক অাসদা করিমত্তা য়াওদ্রে ঐব্ খর পীজবীয়ু।

মুপা :— ডাইখোনে, করিগীনে নখোয়না মকন মরাং খঙদনা হেক্কা ফ্রিব।

[ অনিহ চোংথোকুনা তোঙান তোঙান লেপ্পী ভৈগ্যাশিংগা ভদ্রষেণগনা বিভিষণবু হোংচন্দুনা মখিৎ মমায় খঙদনা ফুরম্মী মখুৎ নামা নাম পায়হুনা খোঙপাক্কা নেৎলি ]

ভৈগ্যাসিং ঃ— হুয়ানবা পৈশা পুথোরকউ [ খুপাক্লা থাই ] ফুরিংথাও চম্না পৈশা পুথোরকউনে।

বিভিষণ ঃ— ঐ ফুরিংথাউ চম্না নত্তে, ঐবু থাজবীয়, ঐবু অমুক্তসি হিংহনবীয়। [ হেল্লহুম ফুরম্মী ] ইমা ঐগী অবাবসে উত্রবরা। ইপা ইবুংঙো নচাবু অমুক্ত কনবীয়, ঐগী থৱাই কনবীয়।

ভত্রষেণ ঃ— কয়াদা ইকাই খঙদ্রিবা অঙাংনোনে, মম মপানা বারক্তবা মচা, নথিবোঙ চানিংঙাই লৈত্রগা মীগী ফুরিথাউ চপলীবা [ ফুরম্মী হেম্না হেম্না ] নঙদা শিরো হুরানবা।

বিভিষণ :— ঐবু কনবীয়, ইমা ইমা ও-বাঙ্গী নচাবু মুংশিবীত্রবরা ?

হুপা ঃ— অমুক্তা ঙাংখোনে নংথোয়বু, অনি চঙহুনা অমদা ফুবীরিবসিবু করিগীনে, ইঃ চাননা হেক্ত হাংকদোরে। [ থামদোকই ]

[ মথোয় অহুম তোঙান তোঙান লেপ্লী বিভিষণগা ভত্রষেনগনা ভৈগ্যাশিংব ফারগা লৈমায়দা নেত্তুন থম্মী লোংনা মঙক থেকই ভৈগ্যাসিং বাম্বহুনা তারম্মী ]

বিভিষণ :— হায়য় অঙাং, নম মমিং করি কৌই,

ভৈগ্যাসিং :— ঐনা হায়বা থাজবীয়, ঐ-ৰম মমিং খঙদে।

বিভিষণ :— নপা মমিংদি ?

ভৈগ্যাসিং :— খঙদে,

বিভিষণ :— করিগীনো নঙনা থাঙ পায়হুনা, কিহল্লগা মীগী মরল মথুম মুল্লিবা ?

ভৈগ্যাসিং :— ইনাও অনি থাকপা ভম্নবা হোৎনবদা মীগী থবক শুবনা কান্নরক্তুনা অরেম্বা পামলুবনি, ঐগী থবাইতদি কনবীয়্।

ভদ্রষেণ :— নমা নপাচুম্ন মীগী মপোং মরল পাম্বদগী হাৎখিবনি নত্রা ?

ভৈগ্যাসিং :— নত্তে অচুম্বা হায়বীগন্ তশেংনা ঐ ইমা ইপা মশক খঙজদে।

ভদ্রষেণ :— [ খুত্তুম্বা শুই ] মমা মপা লৈতবা মচা লৈবা হৌনবরা ? মসি মখুং নামা ককপা তারে।

ভৈগ্যাসিং :— খুং ককপীগন্, ইনাও অনিগী চঙজফম লৈত্তে ঐবু মুংশিবীয়্ ঐন শুরগা চাজরিবা ইনাওশিংনে।

বিভিষণ :— নিরগা চাবা য়াত্রা লমজা হুরানবা।

ভৈগ্যাসিং :— নিবদা পুক থনবা ভমদ্রে।

ভদ্রষেণ :— মচীন য়াম্না হৈবা অভাংসে হাত্তোকপা তারে। [ থাঙ থাঙ্গলি মথা চিকই ]

ভৈগ্যাসিং :— ইম ঐগী থবাই কনবীয়্, বাজী নচাগী থবাই অমুক্তা অমুক্তা কনবীয়্ নখোয়বু কদাইদ লৈবগে। মন্নাবদা খুঙ্গমজরি, ঐগী ইমা নত্রগ তপ, অমত্তদি ঐগী মিংসিবা উজহৌগে ইমা ইপা মশক খঙদনা শিখিব তারবদি নখোয় নিংভহৌগত্র ?

মুপা :— [ চুবা মেত্তুনা ফমই ] হৎলু হাত্তেকউ ঐদি থম্নুরক কল্লা নোক্লিংই। নখোয় অনি অহুমসিরা অওনবা,

অওনবা মাধব সমাজ, কক হায়জিল্লহুন', কয়াদা হৈশ্রবনো যুগ অসিগী নহারোলশিংসে, থকশি থাশি য়াওদনা থবক তৌরবদি অচুম্বা ফল পলতবনি।

[ মথোয় অহুমদো থাদোকনা চপ চপ লেপ্লী। ]

ভৈগ্যসিং :— অহল অ... তৌহুন জীব উপকারগীদমক পোৎ-য়েপ্পা, হুরানবা, রেল মম্লংদগী ফুরিংখাই চপ্প, লম্বীচংপদগী শেল মুনবা নিংঙ্গ তৌরগনা হাত্তোকপা খুপী অঙাংগী মওক কল্লগা সনা পরেং হুকতোকপা যগ ইরোই হুরগা য়োম্থোকপা শগুন তোব, শিনভমশিংসে ফংবদগী চিন ইনাও অহুম মী ওইব ডংজরক্লে! হৌজিক্কি অকনব থবক পায়থংলগানি, অরিবা উনানা মরোল মরোল থাগৎলকুনা চীং-পাং তুবেল মথোয় মরিল কংশিল্লরে, অনৌবা উপাল মাপাল অমত্তা চাং মাম্নবা নিংথিনা হোবা ডমদ্রে মায়ম্রবা সমাজ অসি থুপশিল্লগে হায়হুনা মী হাংপা হেৎরকপা চহী তরামডা গুরক্লে।

খুপা :— অম্বুক চাউরবা, নপাঙ্গল কল্লবা নখোয়না, থবক শুহুনা হিংবা ডম্বগী মাখলদি তেদনা মী হাংপা, পৃথিবী মথক মখা ওনবা হায়হুনা লৈরিবা নখোয়গী মাখলসে নপানা হায়বম্বগা য়াম্না খেম্ম, অহুগা থজিক্কুং মাম্নবা হায়ববু সমাজবু চাং মান্নহনবা হায়বসিমদি পল্লম্বী।

বিভিষণ :— অহল, চাংমান্নহনবা হায়বহুদা ঐগী মত চানবম্ম থর খোল্লয়ে। অহলদা পীরিবা শেল মপুন অহু চাং মান্নহনগে

হায়ত্তুনা পীরিবনি, অমুক্তদি সমাজ অসে এক্তা পুরক্ষবা হায়ত্তনা হোংনজরিবনি অহল ।

মুপ :— তানিংদে তুরানবা নডমক্কী ম্বাবী নপাদা ঐনা লাখ্রবনি ।

বিভিষণ :— করি ম্বারী লাখ্রিবা ?

মুপা :— থাড তেন য়াওদনা লেংবা "ঈ" চুম্না কাডবু কয়াশ্ব লে । মথোয় অহু মশক মতৌ ফজে মশা নাম্লি, য়াম্না হৈ শিংনা থবক তৌগ, হৈ শিংনা মী হাংপগীদমক মীনা ব্যবহার তৌবৈ হায়না লিখিবা ম্বারীডুমক নডনা ডসি তৌররে ।

বিভিষণ :— অমাংপহু লৌথোকপা তারবদি উপায় লৈতবা থিহুনা তাপ্পা য়েংবা তায় হায়না ঐথোয়গী কন্সটিট্যুসন্দ ইরি । আর্টিকল ০০৭ তা অগুম্না ইখি— লায়রব অনংববু ময়েক শেংন মুথপ শেল পাঃব ইনাক খুনবা ডাক্তা ওইহনবা তারবদি অহল, থবক ওনা পাংথোরকপদা লায়রবশিংগী মরল মখুস্থ নম হাত্তুনা মুগ্নগা থুনা শিহনবা থডলবরা ।

ভদ্রষেণ :— খুড়া থবক খুদিং মশাগা লোয়নননা চডবা য়ানবা হায়ত্তুনা য়ু থবা থর শিজিন্নরিবনি, কউ য়াদবা মী অহু চৈ থরা চাগনি, চাং থাম্না চমিন্নসি হকচাং শাগংহনবীয়ু সে পেগ অমত্তংগা লৌশিনবীয়ু [ হেরগা পী ] খুড়া সংসারসে করিনে। থডব্রা ? উহুখোলনিনে, উহুখোল ডহাক চেল্লপ্পা চোংলপ্পা লাংলপ্পা ঈশৈ থরা শরুম্নগা মৈ-রাষ্পীনা মৈরীদা তুম্বগুম মীওইবা ঐথোয়শু চেকশিড তরামুক্কী মথক্তা তুমগদোরিবনি খুড়া ··· ··· মুংশিজ্ঞা পুলিসে ।

ঙুপা :— ঐদি নহানমথৈ থওদে ঐখোয়সে লোইনা শিগদৌরিবনি
ভদ্রষেণ :— মাখি মানি লোইন শিগদৌরিবনি।
ঙুপা :— চাংমান্নবা হায়বসিদ থাওদৌরিব থবকসে মী পুম্নমক লোইনা হাংলগা শা-ষণ ডাক্ত হিংহনবগী মানিনে।
ভদ্রষেণ :— মনি খুড় মহুমখি।
ঙুপা :— সংসার অসিদ মী অমত্তা লৈত্রবা মতমদ চাং মান্নরে হায়না লাওগদৌরিবা মীওইশিংদো কনা কনানো ?
ভদ্রষেণ :— ঐখোয় ঈচিন- ইনাও অহুমগা খুড়াগা ঐখোয় মরিনা লাওবা ডাইদনা।
ঙুপা :— নওনা হায়রিবসিবু ঐখোয় মরিদং হিংহেগনি অসিরা।
ভদ্রষেণ :— থা অওাং নোংপোক নোংচুপ্তা ঐখোয় মরিনা শগোল অপাইবীুতোংহুনা কুম্মৈ লোইরে লাওগদবগী ডাইহুনা লৈরিবসি থওদে।
ঙুপা :— শগোল তোংবদমক হিংগত্র, শামুগুম্ব, উংকুম্বা তোংবদি হিংলোইত্রা ইবুংঙো, ইচাদি হিদাক থক্লবমু জ্ঞান য়াম্ন তানা মা ডাংই।
ভদ্রষেন :— শামুতোংবা, উৎ তোংবা, গাড়া মথোঙ অহুম পানবী তোংবা, গাধা তোংবা মথোয়নী কুম্মন অরোইব ওইগনি। খুড়া হোদোংগুম্বা, হভোহগুম্বা তোংবা কাংবুশিংমু য়াম্না য়াওরি মথোয়হুদি নহান্না শিবা হোরবনি।
ঙুপা :— ইচাগী বা অসে তারগা ইপাদি কম্নীইদা।
ভদ্রষেণ :— সংসার অসি নোংমদি মহী লাংথোক্লুনা সমুদ্রদা চেহিথিবা শোরব্রবনি খুড়া।

ভৈগ্যাসিং :— ইনাও ইবুংঙো, হৌজিক ঐখোয় কৈদৌবা তোই।
ইনাও পণ্ডিতকী বা তারগা থবক থুন। পাংথোকপা তাই।
ভদ্রসেন :— অপাম অপাম্বদে থুন। পাংথোকপা মতম যাংহনদনা।
ভৈগ্যাসিং :— অহল চংলসে।
[ ভৈগ্যাসিংনা মপাক্তুগী মথুদাং পায়তুনা পুথি মনাও অনি তুংদা ইরথি ]

---

# বাসুন্ধারা

[ বাসুন্ধারা ভিক্ষা নিবী অমা ওইরকপা মতম কুইরে মপুরোইবম কায়নখিবা মতম শাংলক্লে, ভিক্ষা নিরুবগী চেং ময়োম মচা অমম পায়রি, শীং হচেং মচেং অমা অনিম য়েপ্পী, হায়া মক্লে মনাওনা লৈরম্বা য়ুম মচাতু উরগা মিত্তগী পি শিম্বুরি। বাসুন্ধারা য়েংবদা চহী ৮০ শুরবী অমগী শক্তম যাল্লে, মচাশিং উনিংবনম লাংতক্লরম্বী। নাকন্দা থিগিবা পৃথিবীগী মশক লৌব গ্রোব অতুদা য়েংলমগা পিরাং শিম্বুরকই ]
বাসুন্ধারা :— মপা শীংজনবা অংনা ইচা মপা অহুমু উবা ফংলকনি হায়রম্বদো কেদৌঙনে ? ইচাগী, ইপুরোইবগী কায়ব ফংত্রবা পুন্সি অসে কয়াম কুইনা হিংতুনা লৈথিগদগে ?
[ তাঙাসিদা ভৈগ্যাসিং থাঙপাক পায়তুনা চঙলকই মপীহ [বাসুন্ধারা] উবদা মশোং কল্লি, বাসুন্ধারাম কিবনা তঙক তঙকই ]

ভৈগ্যাসিং :— মুপী নহাক কননো ? বাপ্পুন্ধারা হায়বীগুরা ?

বাপ্পুন্ধারা :— করিগিনো, ইবুংঙো নঙনা বাপ্পুন্ধারাবু হংলিবদি ?

ভৈগ্যাসিং :— বাপ্পুন্ধারা ওইরবদি ভীমসিংগী লৈফম খঙলমগনি।

বাপ্পুন্ধারা :— মানি ঐ বাপ্পুন্ধারানি, ভীমসিংগী লৈফমদু খঙই নহাক করি পাম্বগে ?

ভৈগ্যাসিং :— নঙনা মচানুপা পোকখিবা লৈত্রা ?

বাপ্পুন্ধারা :— ইচানুপা কয়া কয়া, ইচাগুপী কয়া কয়াগী মমানি ঐহাক, অদোং নঙবু ইচানুপা অহল অদু নত্রা ? [ চঙশিনবা ]

ভৈগ্যাসিং : — চঙশিল্লকনু ইনাক্তা, মখোই লৈনমু ডাংজবা শারি। হায়য়ু ভীমসিং কদাইদা লৈ ?

বাপ্পুন্ধারা :— কবিগীনো অদুক য়াম্না কিংলিবা ?

ভৈগ্যাসিং :— ভীমসিং কদায়দা লৈবগে ? মতক করুগা "ঈ" থকে।

বাপ্পুন্ধারা :— ভীমসিংগা নঙগা করি পোম্বগে, করি তৌনথিবা লৈবগে ?

ভৈগ্যাসিং : ভীমসিং বাপ্পুন্ধারাগী মপুরোইবনি, মচানুপাগী থুং-তা মক্তে মনাওনা মতক ককউ হায়তুনা পাতালদগী ইপানা থারকপনি।

বাপ্পুন্ধারা :— মানি নহাক ভীমসিংহগী মচানুপা অহলনি, ইমাগী ইবুংঙো, ইচাব থিরকপা মতম কুইরবনি ইমা অমুক্তা কোনগে লাকও।

ভৈগ্যাসিং :— করি, ভীমসিংহগী মচানিক হায়রি, ত কউ ভীমসিং কদাইদা লৈ। [ কল্লা লাওই ]

বাম্বুন্ধারা :— নওগী নপাদি ঐগা থাদোক্লখিবা মতম কুইরে মহাক হৌজিক মিংয়েংগী মাংমদা লৈদ্রে নওনা স্বর্গ য়োনা চৎলবদি নপাবু উজগনি।

ভৈগ্যাসিং :— মহাক্না স্বর্গদা লৈখ্রবদি নহাক্না কদাইদা লৈ।

বাম্বুন্ধারা :— ঐ মফম অসিদা লৈ, ইবুংঙো নওবু নমিং করি কৌবগে ? ইমাদা অমুক্তদি হায়য়ুবা!

ভৈগ্যাসিং :— মিং হংলগা ঙাম্মবা ফংলরোই, কন্না খঙনিংলবদি হায়বীগে মীহাংপ কৌই

বাম্বুন্ধারা :— কন্নিগীনো নহনা ভীমসিংহবু হাংকদৌরিবদি ?

ভৈগ্যাসিং :— ইপানা তম্বীরকপা বিদ্যা মমাদা চাং য়েংগদবনি।

বাম্বুন্ধারা :— [ হৌখ্রবশিং নিংশিংই ] নপানা লরি বিদ্যা তম্বীরম্লিবা

ভৈগ্যাসিং :— মচাবু মকক কক্কুনা হাংপগী বিদ্যা তমখিবা নওম্ উহৌবা নত্রা হায়রক্লগী নহাক কনানো ? মানা স্বর্গদা লৈখ্রবদি বাম্বুন্ধারানা কদাইদা লৈবগে।

বাম্বুন্ধারা :— [ পুন্নমক খঙলে ] মতম অসিনা ঐগী হকচাংগী শক্কনি, মা ঙাংলিব ঐনা মতুম ভাবা অসিগী থবাইনি।

ভৈগ্যাসিং :— হিংচাবী ... ... অঙাওবী খঙউদো!

[ চোংশিন্দুন গ্রোব অত্থুদা থাঙপাক অত্থুনা য়াম্লি, গ্রোব অত্থু থাঙফা নাইরম্মী ]

বাম্বুন্ধারা :— [ কন্না লাওই ] ইমা ... ... ঐ লোইরে ঐগী মতম্ লোইরে।

ভৈগ্যাসিং :— ভীমসিং থোরকও নঙগী লাম্বা লাকএ, ভীমসিং কদাইদা ৈলবগে থোরকও নঙবু লানবীবা লাকএ।
[ লাওহুনা চেম্থোকখি ]

[ বাঙ্গ্বারা :— থোরক্কদবা পুম্নমক খঙবগুম্না মুক্নম মুক্নম শোল্লি, করি তৌরুরগনি খন্দুনা নোকম্নি নোকম্নি পেশ্য়োম অহু লোয়শিল্লি। ভদ্রষেণ লাও থোংহুনা চঙলকই—

ভদ্রষেণ :— হিদাক য়োল্লিয়ে, হিদাক, পেগ অমদা মখায়।
[ মপান্দগী লাওহুন চঙলকপদু ঙবদ বাঙ্গ্বারা গ্নোবকী নাকল অহুদ চঙশিনখি ]

ভদ্রষেণ :—[ চঙলকই ] কদোমদনে ঐথোয় তাচৌনা চংখ্রিবসিবু।
[ য়ুম মচা অহুদ চঙহুন য়েংই থোরকই ফম্নই লৈবাক্তা ]

হিদাক য়োল্লিয়ে, পেগ অমদ মখায়, মপোক অসিদা শেন্দোং কংজম্না হয়গদবা নথোয়ম্না হিদাক অসে থকপীয় শিকুপ্তা মুংঙাইবা ফংগনি। হিদাক য়োল্লিয়ে পেগ অমদ মখায় হুম কনামত্তা হিদাক লৈবা লাক্তেনে চম্নোংববা ফম্পাক অসিদা লুকং ঙাক্তা ঙায়রবা হকচাংসি হিংনিংলিমাল্লে। হিদাক থক্তবম্ নথোয়দি মুংঙাইনা লৈবা য়ারোই খঙব্র ?

বিভিষণ :— [ চেনশিল্লকই ] ভদ্রষেণ ঐবু পুলিশনা ভায়রে কদাইদ লোৎকনি ?

ভদ্রষেণ :— তয়াইমবু ভৱাংতা নিংথৌ ওইবরুদাইনে, মতুগা ভসি ঐভোন্দা লৈফম নিরম্বিবা [ নোকই ] মসি ওইরেকো সংসার, মসি ওইরেকো পুন্সি ! সে পেগ মসিমক্তং লৌরগা তায়াংমা শান্তি কংবীথরো, ফম্পাক মসি লৈজ-হৌরসম ঐখোয় চংখ্রসে।

বিভিষণ :— তোম্ব ঐ শিনিংদ্রি মিনিষ্টর ওইবা য়াম্না মুংভাই, ইম ইপাদ মমুক্তদি কনবীয়ু হায়জগে।

ভদ্রষেণ :— লাইরেল হুম্বব মতৈ মনাও খুবাক্তা ভৌ হৌরবা মখোয়তুনা কবি ইভেং পাংবীরকদৌরিবা মোতুম নোক্লিংই তায়াইম।

বিভিষণ :— মথেয়গী শক্তি থরদি লেরম্ব: য়াই তোম্বা।

ভদ্রষেণ :— কদাইদগীনো তায়াইম, মতা মতু থরচা, মীগী মরেম্ব থর চা, ভিক্ষ নিতুন থর চ লেপ্লিবা মথোয়না করম কনগদৌরিব।

বাম্বুক্কারা :— ইবুংভে নথোয়বু কন কনানো ?

ভদ্রষেন :— নভনা পে কচবা নচ মনিবু কাওবীরবরা ? [ লক্লবা ]

বাম্বুক্কারা :— ইমাগী ইবুংভো নথোয়বুনি ঐনা থিরিবা।

বিভিষণ :— মুপী নভবু ঐথে য়গী ভমানিনে, ইমা ওইরবদি, ভসি ঐ লাইবক য়ায়া থিরে, থর কনবীয়ু।

বাম্বুক্কারা : — ইমাগী ইবুংভো [ বাম্বুক্কারা কপই ]

ভদ্রষেণ :— ইমাগী ইবুংভো হায়রেনে [ নোকই ]

বাম্বুক্কার :— মানিনে, নথে য়গী নমানি থভত্রবরা ?

ভদ্রবেণ :— ইমা ভসি নচা ঐখোয়গী খুদোং চাদবা হায়বত্থু ওইরে ঐখোয়বু কনবীবা ভমগত্রা ?

বাম্বুদ্ধারা :— নখোয়গী থবক থেংওং খুদিং উরগা ঐনা কপ্লিবসি উদবরা !

বিভিষণ :— ঐহাক সরকারগী লুপ ক্রোর থরা মাওহল্লুরে হৌজিক ঐবু ফাগদবগী কোয়ভাল তাহরে নচাবু থরা কনবীয়ু ইমা ।

বাম্বুদ্ধারা :— ইমাগী ... [ কপহ ] ঐদি লুপা পৈশাগী ষপু ওইরবম্ম খুভাদ পৈশা অমা ফাওবা নৈতে ঐগী ফিভম অসে উদ্রবরা নখোয়বু

ভদ্রবেণ :— মচা পোকথোক্লগা মচ য়েক্লনি থওদব , মচানা করি চারি, করি তৌবি, কদোমদ চংলি হায়বা হুন্নফাওবা য়েংবীথিদ্রবা, মতে মনাওগী মুংভাইনবতা থনগ্রবা, মুংভাইবতা পাপ অহ পোংলুপ দুনিংদব অহুগা হৌজিক্লা পাক্ষল চাউরব , হবুদ্ধি হথে নন হিংবা ভম্নবা মতমসিদদি মচানি হায়দুন তাং তেহুনা ভাংলিব ?

বাম্বুদ্ধারা :— ভীমসিং নওনা কন্না রাজথিবত্থু অচুম্বকনি, থোক্লকদব অরা অনা ময়াম অসে করম্না হান্ননা নওনা থওলম্মিবনো ? [ তেংথারকই ]

বিভিষণ :— মসিবু অভাওবীরনে ঐখেয় ঈচিন ইন ও অহুমদি নারক মোংশেংদা ভীল-কাও, নাপী শিভবা চাহুনা চাওরকপনি অহুগা মানা মচানি হায়রি। হয় মুপী ঐখোয়বু নচানি হায়রগা শেল থুম ময়া কংগনি থনবরা।

বাম্বুদ্ধার :— ঐগী ইথক্ত তারিবা অরাবা-মুংঙাইবা, অকিবা নোংক্লিংবা ময়াম অসিবু কররা হুন্দোক্নি। হুন্দোকপা তারবস্ল কদাইদা চংকনি ? ঐগীদি অঙ্গাগী অঙ্গানি অদুবু হুন্দোকপা ডম্দহুনা কপ্পীবসে নখোয় খঙদবরা।

ভদ্রষেণ :— ঐখোয়না নঙোন্দা অরাবা খুদোংথিবা করিগুম্বা অমত্তা পীদে। নঙনা অমা, ঐখোয়না অমা, কররা বারিবা, কপ্পীংলিবা ?

বাম্বুদ্ধারা :— ইবুংঙো নখোয়গুম্বা কয়াবু ঐনা পোক্নহুনা, পমহুনা চাবা থকপা থিদনা, অরাবা খুদোংথিবা থেংথাং কয়া নংহুনা বানা য়োকচরক্লিবসে নখোয় করিমত্তা খঙদরা ?

বিভিষণ :— হায় কঙথ্রেদকো মুপীসে, তৌবা রায়া অমকতোক্নি ভদ্রষেণ ঐখোয় চেনহৌরসে।

বাম্বুদ্ধারা :— কদাইদা চেনগদৌরিবা ? নখোয়না চেনকরদো মহুম্ব মফম অসিগা চপ মান্নে।

ভদ্রষেণ :— করিগী মায়গনি নঙনা অহক্তা ওইনা খঙ্গরবস্ল চহি কল্ল কয়া ঐখোয়না নহাক উদনবা লোংথিগনি। নঙদি মফম অসিদা শিহুনা, পত্তুনা, পুমহুনা লৈহৌরগনি।

বাম্বুদ্ধারা :— ঐগী হকচাংনা পত্তুনা পুমহুনা তাবদি নখোয়না উরক্লিবা মতম কুইরে। কয়ারকস্ল উথিগনি অদুগা মওং মতৌ অসিদি অহোংবা অমত্তা লৈতে।

ভদ্রষেণ :— অহোংবা লৈতে ?

বাম্বুদ্ধারা :— সমুদ্র অমদি চীংগী মওং অদুম লৈগনি নঙনা শেম-দোকপা থক ঙম্মোই।

ভত্রবেণ :— লৈন্নংদা চঙত্ত্রবদি ?

বাম্ভ্ধারা :— মহুম্ম ঐনি ।

ভত্রবেণ :— অরাংবা চীংদা কত্ত্রবদি ?

বাম্ভ্ধারা :— মহুস্ত ঐনি ।

ভত্রবেণ :— মরমদি ।

বাম্ভ্ধারা :— মরমদি নথোয় অনিমক নথোয়নি । নথোয়না শিড্রিকাওবা অহোংবা অমত্তা পুথোকপা ডয়োই । নথোয়ন শিরগা ঐগী তম্বাক্তা শোয়দন তারগনি মরম অহুন অঙ্গাগী অঙ্গানি থওউ ।

ভত্রবেণ :— অডাওবী, কয়াদা ফজন শিত্ত্রবা শৈরেংনে, শিরমদাই য়োরবদি অশ্বম তোবোক্করে ।

[ ভৈগ্যসিং মপাগী অককপা মকোক পুহনা চঙলকই মথোয় অভিমক ওরা য়েংই বাম্ভ্ধারানা ভীমসিংগী মকোক অছু উরগা ওকপনা থম থেংহনবা লৈ, অওকপা রাথমা উংত্ত্রবা বাম্ভ্ধারাগী রাথলগী খুং তুবা নাইথিরে ভৈগ্যসিংনা মপাগী মকোক অছু মচিন-মনাও অখিদা পীরগা তাম্থোকখি ]

বাম্ভ্ধারা :— ভৈগ্য সিং [ কপ্পা লাওই ] মানা হায়রম্বদো ··· ··· [ শোক্লি ] ও ··· ··· মান হায়রম্বদো ···· ··· ভৈগ্যসিং নপাগী মওক কপ্পবকো ? ···· ··· অওকপশিংদো চুয়ে, চুয়রে অচুম্বশিংদো, চমজবশিংদো লাল্লে লাল্লরে অচম্ব-শিংদো ···· ···· ভৈগ্যসিং নওগী অরানবশিংসে চুয়রে ।

ভৈগ্যসিং :— নওগীসু রাংশিবনি থরকা ?

**বাম্বন্ধারা** :— ঙাইখো রা ঙাংনখিসি নঙনা পাম্নরিব থাঙ অতুগী মমল কয়া নো ?

**ভৈগ্যাসিং** :— লুপা য়াম্খৈ পীবা থাঙনি, নঙবু নঙক কল্লবা শাহল্লিবা ।

**বাম্বন্ধারা** :— পোকঙমদনা পোকপা মমল লাদ্রব জীব অমবু লুপা য়াম্খৈ পীবা থাঙ অতুগী ময়াদা চংহলখিবতু নঙেন্দা তুজুংবা অমত্তা পোক্কনা ? ঐ নঙগী নমানি, করিগুম্ব অমা তৌতুনা লৈখিবা য়াই নত্রগা নঙোন্দা কাম্নরকপগ্ন য়াই, নহাক মতু পামুদবরা ?

**ভৈগ্যাসিং** : — পোকপদগী ঙসিফাওবদা ইমা মশক খঙলক্লবা ইপাগী প্রেম মশক উরক্লবা নঙগী কম্বাক্লম্ব নোংমত্ত কুল্লক্লবা ঐগী চিনবান অসিদা নখুংনা ইনবা চাক চখোম অমত্তগু তারকখিদ্রবা ঐঙোন্দা, নঙনা হিংতুনা লৈরগা করি কাম্নগনি ? ঙাংনবা পাদ্রে নঙবু হাংলগনি ।

**বাম্বন্ধারা** :— পাঙ্গল কল্লবা পাখঙ, মীনম্বা করা ঙাংবা গুম্বতুনা ঙম্বনা ঙসি নঙনা চুম্নরে। কাখোম থক্লুনা চাওরকপ থোক্লবদি হা ঙাংবগী শক্তি অতু নঙোন্দা পীরম্লোই । হেক পোকপগা চাক চাবা হবা অঙাং উখ্রবরা ?

**ভৈগ্যাসিং** :— ঐনা হাওখুল অতুদ থবাক ঈপুন চঙবম্খ পোরক-খিবা অঙাং অতু "ঈ" মতুমদগী চীং খুঙ্গাকপা অতুনা য়োক্লকপনি । হায়য়ু ঐবু কয়ম চাওনা নঙনা য়োক্লখিবগে মতুগী মমলদো পীগে ।

বাম্বদ্ধারা :— ঐগী ইর বক অসে কয়াদা ফগ্রবনো ইচাম্বুপান। ঐগী হাজির পীগদৌরে।

ভৈগ্যাসিং :— ঐগী, ঙসি ফিভম অসি ওইরক্লিবা করিগনো ? মম মপানা পোকপ মচানবু অম্মুম্না পুন্সি লেনবা হৌনবরা ?

বাম্বুদ্ধার :— পাঙ্গল চাওরবা নহাক ঙসিফাওবা ঐনা মীরায়বা তৌরক্লি। ঙসিফাওবা নঙগী পুক থল্লবা হোৎনরক্লি, য়েংউ ঐনা মুংকুপ হাংকুপ অসি চাহুনা হিংলক্লি।

[ ময়োম অদু ফাক্তোক্নুনা য়েংহল্লি ভৈগ্যাশিংনা, চুজাক মরু, চেং মুংকুপ বাংকুপ অদু ময়েক শেংনা উরম্মী ]

ভৈগ্যাসিং : - নরমচা অহুনা মুংকুপ চাহুনা হিংজবনি, নঙনা তাং পাং তৌহুনা ডাংলগ হিংগনি খল্লুবনু। [ থাঙ পায়হুনা চঙশিল্লি ]

বাম্বদ্ধারা : - ডাইথো রা লোইদ্রি, থরা তম্না হাৎলু রাথল তম্না থবক তৌবা তম্মু। ঐবু শিবা কিবনি হায়নম্নু খল্লুগ। ঐগী মাঙদা মী মকোক অককপা কয়া তাথ্রবনি, কম্না অমা হিংনা মৈ থাগ্রবনি, কয়া অম থৌরী থুহুনা হাংগ্রবনি। মী মকোক পরেং শিবা, "ঈ" থকপা শহুম চাবা ডম্না ঐহাক্লি। নহাক ঐগী ঈপান্দগী ঙসিগী ফিভম অসি য়ৌরক্লিবনি নহাক থাজো ইবুংঙো।

ভৈগ্যাসিং :— নহাক্নদি "ঈ" থকপা ডম্না শহুম চাবা ডমদবা কনানা ডমগনি। নচা মুপা অমবুপ্নু নঙনা "ঈ" চুপগ্রে ঐবুম্নু ডক থৎলগা "ঈ" থকনি অসিরা ?

খোমজিন্দগী অমৃত খোকউ য়াদবমথৈ শুমতুনা ইল্লক্লবা, অহুবু মুংশিবীবা ইচা অমকাওবা য়াওখিদ্রে। জীব অমগী থবাইবু কাড তুমিংকুম উখ্রে। মমা মচা মরুপ শঙ্গ লৈত্রে। মুংশিবা চান্নবা, থাজবা মাংখ্রে পুন্নমক অসিবু মীরায়বা তৌদনা, খাডহুনা মতম কয়া শাংনা লৈখিগদগে ঐ থ ঙবা ৱারে, ঐ ৱারে, ঐগী অমাবা থডবা মচা কৱানো ঐবু মুংশিবীবা জীবদো কৱানে খোরক্লো ঐগী থবাক উফুল হৌরে। ঐগী থম্মোই পুব ঙমদ্রে মুংশিব ৱাহৈ অমত্তং হায়তুনা ঐবু ঈশিং খুয়া অমত্তং পীথকউ।

[ বাঙ্গ্ঙ্খারা ওম্ন-থেইনা পিরাংবা মায়থোং খুমহুনা কন্নী। উপায় লৈতহুন মরু লুকইথ। তাঞ্জা অসিদা শীংজনবা মুপাহু মখুৎ পুল্লহুনা, মখোডদা য়োৎলো-কোহ্লো থাংলহুনা মনমগন্দা ধর্ম্মরাজ থাবা সিম্বোল অমা নপ্লহুনা বাঙ্গ্ঙ্খারাগী মাডদা পি-ঈরা চেম্বরহুনা লেপ্লগা য়েংহুনা লে তপ্পা তপ্পা শায়খল হায়জিল্লি। ]

[ লোইরবা

